# সংসারদগী বীদায়



ইজবা :—

এমডি, লতিপ শাহ

চিঙাই ( ইরোং ) ।

# সংসারদগী বীদায়

—[ঃOঃ]—



ইজবা :—
এমডি লতিপ শাহ
ইরোং ।

স্বত্ব পুস্তমক অইবগীনি ।

মমল লুপা ৩·২৫নি

## থাগৎ-য়াহৈ

ঐগী অহানবা ইজবা "সংসারদগী বিদায়" হায়বা "উপন্যাস" অসি ইমা লৈবাকো থোকনবগী ওইনা লান্থোকচখবনি লাইরিক অসি লান্থোকচবা মতমদ ঐগী ইয়ম্বা মুহম্মদ আলিমুদ্দিননা অচৌবা শরুক কন্নকম য়াবিরকখ লোইননা ইয়াম্ব মুহম্মাদ হেশাম্মুদ্দিন অমসুং ঐগী ওজা শ্রীথোদাম কুবের সিংহ না মতেং কয়াসু পীবিরকখ।

মখোয়গী মফমদা পুক্নিংসিমগী লম্মন তোল্লবনি ননাওনা।

# সংসারদগী বিদায়

কাঙ্গমদ্রবা

নুংশি

মৈচাক

## অহানবা পন্দুপ

ইম্ফাল সহরদগী খা নোংচুরু পাংনা মাইল ১৫ রোম চৎলগ ময়াংইম্ফাল বজার লৈ। ময়াংইম্ফাল বজারদগী অরাং নোংপোকলোমদা মাইল অমরোম চৎলগা ইরোং হাইবা খুল অমা লৈ। মনিপুরগী মনুংদা মমিং চৎলবা ইম্ফাল তুরেল অমসুং থোবাল তুরেল অনিনা হাইরিবা ইরোং হাইবা খুল অসিগী ইরোং ইচিন হাইবা মফম অদুদা তিন্নফম ওইরি। ইরোং ইচিন্দগী খজিক্তং মথা পাংনা কুমথরগা লিতান থোং অমা শারি। তুরেল অসিগী বাংমা লানথোক্লগা প্রকৃতি অমসুং খুৎশেমগী ফজবনা থল্লবা চিরাই হাইবা খুল মচা অমা লৈ। মহৌশাগী ফজবা ঙুঁ ঝা হৈরাং লৈরাং কয়ামুক্কী মথক্তা খুৎশেমগী ফজবনা

খুল অসিগী লৈতেং ওইবি। খোবাল অমসুং ইম্ফাল তুরেল অনিনা ফজবগী মথক্তা 'নংথিবা হেনগৎহল্লি। তুরেল অনি অসিনা পুথরকপা লৈহাওনা খুল অসিগী, মচৈ মরোংনচিংবা খুদি মক্তা অরাৎপা করিস্তু লৈতে। হেক :য়েংবদ মী খুদি মক্তী পুক্তিং শুক্নাংনবগী মশক্তি।

খুল অসিগী মনুংদা লাইরবগী ইনাক খুনবগী য়েংনবদা ইনাক খুনব মীশিং য়াম্না হেল্লি। চিরাই হাইবা খুল মচা অসিগী অরাৎপা করিস্তু লৈতে।

মথক্তা পনখ্রিব' লিস্তান খোং অদুদগী অরাং পা না য়েং-খিবদা ঐখোয়না উগনি, এল সেফকী মওংদা শাব ঈনা কুপ্প য়ুম মচা অম' .. ....।

য়ুম অসিদা সেলিম খান অমসুং মাগী মমা মেহরু বেগম মখোই মমা মচা অনিতা লৈজে। সেলিম খাননা থা ত্তকক-লোম সুরকপা অদুরাইদা মপা শিখিবনা মহাক্তি মপা মশক খংহৌদ্রবনি। মখোইগী য়ুমগী অরাংথংবদা মাগী মথুরা অলি অমসুং মমাতোন জুমেরাখোইগী য়ুম লৈ। মখোইগী ইখোল অদু লৌ লৌরাক অমনা কোইশিনবনি অদুবু সেলিম খান মমা মচাগিদি লৌথায় অমতা ওইরম্মী। মখোইগী ইখোল অদুগী চিদাইদা য়ুমগী মমাং থংবদা নিংখিজরবা পুখ্রি অসিগী মপান্দা, লৈহাও পাম্বি অমগা নাশপাতি পাম্বি অমগা হৌরি, মসিনা পুখ্রি অসিগী ফজবা হেনগৎহলি। হেক য়েংবদা য়ুম মচা অসি. মী খুদিংমক্তী থম্মোইদা হুংশিবা পোকনি। মেহেরুন বেগম য়াম্না

মরাইবক থিবি তুপীনি; মানা মাগী মচা সেলিম খানবু চাওংবা য়োকল্লপা অরাইবা থবক নত্তে।

নোংমা নোংমগী থরা থরা বংশিল্লকপনা সেলিমনা পুংকক চাওরকপা ভাব তারক্পা মতাংদি ঙমপাগা থম্লম্বা সমপত্তি অপুম্বা য়োনবদা লোইখ্রে। অদুবু মমা মপা ওইবসিংনা মচাশিংবু ফজন্নিংদবা সংসারদা লৈতে। মেহেরুন্না মচা অনিবু মী অমত্তং ওইবা ঙম্নবা কন্না হোৎনজরি। অরাবা খুদোংথিব, কয়াবু নোক্না নাক খাংদুনা হোৎনরকপা থনি তাদ মেহেরুন্নবু থাগৎনবগী মী থোইনা য়াওরমদে। কনাগুম্বী মরা মপুরোইবা কাইনখ্রবা তুপীশিংনা মতম থরদং অরা বৈচাক পুরম্লগা অংতোপ্পা তুপা অমদা য়ুম পান্দুনা পুন্সি লেম্নবা ঙাক্তনি। এখোই মুসলিম জাতিগী দি অমদা মতম কুইনা য়ুম পাললুরবসু, হেক কাইনরকপগা অতোপ্পা নিপা অমদা প্যানবা য়াই, অদুবু মেহেরুনা বেগমদি য়ুম পানবগী বাখল তৌরমদে। মপুরোইবনা শীখিবা মতম অনিদা মহাক তনৌ তনৌবী লৈশাবী অমগী মতৌগুম নিংথিজরম্মী, অদুবু মহাক্না জগৎকী ঈ তোংগী মুংঙাইবা শরুকশিং অদু তুংদা থম্লগা মপুরোইবা সুংশিবগী মহুৎতা মচা সেলিম খানদা ওনশিল্লম্মী।

সংসার অনিদা লৈরিবা মী খুদিংমক চপ মান্নদে। মী খরনা অরাংবা থাক্তা কান্নবা হোৎলৈ, খরনা ইনাক কৈরাক খুন্নবা অমসুং মুংঙাইনা পুন্সি লেম্নবা হোৎলৈ, অদুগুমদনা জগৎতা লৈরিবা লুখ্রা খুদিংমক মান্নদে। মেহেরুন বেগমনা অরাবা

কয়া খাংদুনা হোৎনরকপনা সেলিম খান ক্লাস আইট VIII পাস তৌদুনা ক্লাস নাইন মীং চন্নবা মতম ওইরক্লম্মী। মহাক লাইব্রিক য়াম্না ন্দনা হৌরক্লম্মী। মহাক্না লাইব্রিক তম্নকপদ ওসি ফাওবা রোল ( র ন টু ) ভাদুনতা লাক্লি। মমামবা খুদিংমক মিং চন্দুনা লাইব্রিক অনৌবা লৈনদুনা, অমসুং ফিরোল ফজ-ফজবা শেৎনদুনা স্কুল চৎলি। অদুবু কদায় সেলিমগিদি লাইব্রিক লৈনবা অমসু মীং চন্নবা পৈশা অমফাওবা লৈরমদে। ময়াম্না স্কুল চন্নবা অদু মহাক্না মখোইগী মমাংগী পুখ্রি মপান্দা থম্মোই সোন্না য়েংলি। লাইব্রি মমানা লৈকাই কয়া চত্তুনা য়ুমখোং খুদং চংদুনা মচাগী মীং চন্নবা পৈশা পুগে হাইজরুবা, লুখ্রাবি হাইদুনা কনানসু মানা হাইবা অদু থওইনা তাবিরমদে। সেলিমগী মখুরা অমতং লৈবা অদুদা হাইরুগদবসু, হুমিৎ খুদিংগী হাংমনবা মরম্না চংগদবা ফাওবা ইকাইরম্মী। লৈবু লৈরবদি মখুরা অলি অথুপ্প লৈরমদে, অদুবু মীওইবা খুদিংমক মীগী হাইবগা ঐগী হাইবগ ঐগী হায়বনা হেনবা মরম্না মশানা থংনা খক পীরমদে, হাইরুরগা মতাই নিরুরগতা মপি। করিগুম্বা অলিনা পোকপা ওইরম্লবদি সেলিম্না ওসি চাক্লিবা অসি চারুমলোই-দবনি, অদুবু মদু সেলিম মবা মচাগী মরাইবক্তা ঈশ্বরনা তম্ন-ত্রমালে।

সোলম মমা মচা অনিন, থম্নবদা মখুরাদা হাইরুবা নত্তুনা অত্তোপ্প উপায় লৈরমদে। থন্নরিবা মতম অদু হুমিদাং চাক ঈশিং চাবা লোইরগনি। নোং ভানবা ভাইবা ওম্নমদে মেহেরুন্না

মনাও নিপাগী য়ুমদা চংশিন্নম্মী অদুগা ইকাই হজোইবগা লোইনা পৈশা অদুগী মরমদা নিংশিংলম্মী। অলিনা শাওনা হৌগত্তুনা ঐঙোন্দা নহান্দগী করিগী হাইদে হাইদুনা সেলিমবু কৌরম্মী। অদুগা লুপা কয়া চংগদবনো হাইনা হংলম্মী। সেলিমনা মিং চনবগী লুপা ১৭'৫০ অমসুং লাইরিক লৈবগী লুপা ৫০ মুক চংগদ্রা অদুদগী ...... ..... - হাইরমগা লুকথখিরম্মী।

মচানা লুকথখিব উবদা মমাগী মমিৎ অনিদগী পীগী মরিক মরিক্তা অতুৎ অথাম লৈতনা লৈমাইথক্তা তারক্লি। মচা অমসুং মতৈমগী মতো উবদা অলি মমিক্তা ঈরা চেল্লদুনা, হাইয়ু ইবুংঙো সেলিম করিগী অদুক য়ামনা রাথন হনথরি নপা শকপা নথুরা লৈরি নংগী অরাৎপ খুদংমক ইথুরাদা হাইয়ু। অসি হাইরমগা অলিনা ইমুং চংখিদুনা লুপা ১২৫ মতৈমদা পীরম্মী অদুগা মসিনা নংগী ফীরোল, লাইরিক লাইশু, খুদিংমক লৈকরো. অদুগা করিশুম্বা কোমদ্রবদি ইথুরাদা অমুক হাইরকউ। পৈশা অদু পুদুনা সেলিম মম মচা মখোইগী য়ুমদা লাক্লে, য়ুম য়োরবা মতমদা যেহেরুম্মা মচাদা হাইরম্মী; ইমাগী ইবুংঙো ঐখোইনা নথুরাগী লম্মন শিংবা চেরোইদকো হাইরম্মী। নংনা পিশক পীক্লিদ্রেদা নথুরা অসি ইমা ইচাগীদমক্তা য়াম্না রাজরক্লবনি, নংনা হয়েং চাওরক্লগ নথুরা অসিবু কাওবা য়াপোৎ নহেকো হাইরম্মী।

সেলিমনা মথুরানা পীবা পৈশা অদু পুদুনা মিং চনলুরে অদুগা মাগী তমগদবা লাইরিক লাইশু ফিরোল খুদিংমক লৈজরুরে।

অদুদগী সেলিমনা সুমিৎ খুদিংগী কুল চত্তুনা লাইরিক তম্বা অদু উবদা মমাগী থম্মোইদা পেনজরম্মী। সেলিম, সিরাজ, অমসুং সেলুং মখোই অহুম অসি ক্লাস অমদা তম্মিন্নরকপা য়াম্না লুনা তিন্নরকপা মরুপ ওাকনি। কুল চৎপদা, কুল কল্লকপদা মখোয় অহুম পুন্না পুম্না চৎমিন্নৈ, থান্নবা সৈতে।

সিরাজ অমসুং সেলুং মখোয় অনিগী ইমুং মনুং চাবা শেৎপা নংৎরে। সিরাজখোইগী ইমুংদি মী মরিথক্তা চারম্মী। মপা মমা অনিগী থরক্তা সিরাজ অমসুং মাগী মচন সুপী জাহেরা বেগম য়াম্ন কেনা নৌন' লৈরম্মী। সিরাজখোইগী মপা য়ুশুপআলি ইরোং খুলগী মচিন চৎপা নিপা অমা ওইরম্মী। মচিন মৌ-পরা অনিনা হাইবা খুদিংমক্তা য়ুশুপআলি মতৈ মনাওনা হিক্তো-কপা য়াদবা লৈরমদে। সিরাজগী মচন সুপী জহেরা বেগম ক্লাস ফাইভ ফাওবা তম্লগা ম লৈতবা ইমু' ওইবনা লাইরিক তম্বা ত্তোকখি। মহৌশানা মপা মমা ওইবশিংনা মচাশিংনা করগা হরাওই, কত্রগা সুডাইতে, জহেরাগী নোংমগী কপৎলক্লিবা কিতম অদু উবদা য়ুশুপআলি মতৈ মনাওগী সুংডাইবগী ওমথৈ লৈরমদে।

সেলিম খান নোংমগী অয়ুক অমুক্তং সিরাজ অমসুং সেলুং খোইগী য়ুমদা চংদনা ত্তোকপা লৈরমদে, অদুগা সেলুং অমসুং সিরাজস্থু সেলিমখোইগী য়ুমদা নোংমতং চংহৌত্রবদি মশা অদু ইনুং সুডাইতবগুম ত্তোরম্মী। অমুম্না মখোই মরুপ অহুম অসি

পুন্সিগী মুংঙাইবা ঈপাক্তা ভাওদুনা লাকপনা মখোই অহুম্মক ক্লাস নাইন পাস তৌদুনা, ক্লাস টেনদা মিং চনদুনা লাইরিক তম্বা হৌরে। মতম্না অসুম হৌখিবনা ক্লাস টেনগী টেশ পরিক্ষা লোইখিরম্মী। জানুৱারিগী তাং ১০ নি টেশ পরিক্ষ হাইদোক্লে হাইদুনা স্কুল গ্রাউণ্ডা ছাত্র ময়াম তিল্লম্মী। ছাত্রশিং অদুগী মসুংদা ফেল ওইবা কাংবুনা থম্মোয় শোক্না হন্নখি, অদুগা পাস তৌবা কাংবুনা হরাওনা নোক খোঁর, তৌই গুম্মসুং সেলিমদি মখোয় ময়াম অদুগী মকোক্তা অকানবা নম্বরদা পাস ওইরিবনি অদুবু কনাগুম্বা মী অমা কাওবনা মহাক্কী হরাও তম্বাম্বগী মওং উবা ফংলমদে। পরিক্ষ পাস ওইরিবা কাংবুশিং অসিগী মসুংদা সেলিমগী মরুপ সিরাজ অমসুং সেলুংসু য়াওরম্মী। সিরাজ অমসুং সেলুং মখোই অনিমক সেলিমগী মুংঙাইতবা মাইথোং অদু উবদা ওক্তবা ওমমদে।

পাথক:— সেলিমনা অরাবা রাখল পুরিবা অসি অতৈ করিগিসু নত্তে; ফেঁা ফিনপ তৌবদা চংগদবা লুপা ৩৯ অদুগিনি সংসার অসিদি লাইরবগী নত্তে, ইনাকখুনবা শেনজাও পাইবগী সংসারনি। ইনাক কৈরাক খুনবা মচা মগুসিংনা লুপা ৫ পীবা লাইরিক অমতং লৈবদা লুপা ৭পি ৮পি হাইজিন্দুনা মমা মপাদগী শেন্দোং লৌদুনা খরচ তৌনরি। অদুবু সেলিমগিদি লাইরবি মমা লুপ্রাাব অদু নঙনা কনাদসু হাইরুকম লৈবা নত্তে।

মরুপকী মুংঙাইতবা রাখল অদু উরদুনা, সিরাজ অমসুং

সেলুংনা, মকপ, সেলিম নংনা ঙসি চিন্তা তৌরিবা অসিবু করিগিনো, নত্তে নংগিসিবু কনাগা থৎন চৈনবা য়াওরবগে হাইনা হংলম্মী। সেলিম খাননা কনাসু থৎনদে মকপ হাইনা খুমখি। অমুক্তা কয়া মরুপকী মুংঙাইতবা রাখল পুম্নমক ঐখোই অনিদা হংইযু হাইনা তক্ৱরকপা অদুনা সেলিম মাগী পুক্লিংদা খন্দুনা লৈরিবা রা পুম্নমক মকুপ অনিগী মফমদা লোইনা তমখোক্লে।

সেলিমগী ফেংা ফিলপ তৌনবা পৈশা অদু মাগী মরুপ অনিনা পুংখোকপিদুনা জানুৱারিগী তাং ১৫ দা ফিলপ তৌখ্রে। মতুগী মতু দদি সেলিম লাইব্রিক পাবতনা মাগী মখো ওইরম্মী। মাগী মকুপ অনি লাক্লুনা হৌরবা নত্তুনা ইমুংদগী মপাল খোকখিরমদে। ফাইনেল পরিক্ষা য়ৌত্রিবৈঙ মরক অসিদা চাক চরা অমা চাখিন্নসি হ ইদুনা, সিরাজখোইগী য়ুমদা চাক চানবা খোরালোইখ্রে

সেলিম অমসুং সেলু অনিমক সিরাজখোইগী য়ুমদা চাক চাখিন্নবগীদমক লাক্লম্মী। সেলুনা মাংদা চৎলি সেলিমনা তুংদা চৎলি, সেলুনা সিরাজগী কমদা থুনা চংখিরম্মী। মতম অসিদা দদা হাহবা খোৎলব রাহৈ অমা তুংলোমদগী তারম্মী। সেলিমনা কয় য়েংখোকখিবদা জহেরা নোকমি নোকমি তৌরদুনা অমসুং মিংল অনি হাইফেৎ মুনা য়েংলম্লগা ইমুংদা চংখিরম্মী।

জহেরান য়েংলম্রিবা মিৎয়েং অদু টকুবদগী সেলিন খুদক্তা তু শিবগী মখম মচুক লানা তাখিরম্মী। মাগী দদা হাইবা খোজেল

অদুনা সেলিমগী মনাকোংদা খোই ঙংবগুম ঙংলম্মী।

সেলিমনা জহেরাবু মুংশিজরবস্থু মাগী মচিন্দগী, মুংশিবগী ৱাহৈ অমা ফাওবা অহানবদা ফোংদোকপা ঙমলোই মরমদি জহেরা মাগী মুংশিনা তিম্নবা মরুপ সিরাজ খানগী অমত্তা ঙাই-রবা মচননি। সিরাজগী মচন জহেরা, ঐগীস্থু ইচন অমনি। হাইনা, মহাক্কী চয়রবা ৱাখল্লা খন্দুনা লৈরম্মী। মসিগী ৱাখল অসিমক্না সেলিমগী নৌরবা থোপ্তা অৱাবা পিরি। অদুগীস্থু মথক্তা সিরাজগী মপা যুশুপ অমস্থুং মমা মলিকানা সেলিমবু মখোইনা পোকপা মচাগুম্না লুনা চান্না তৌই, হাইবসি লৈকাই-দুদা লৈরিবা মী খুদিংমক্না হাইনরিবনি। জহেরাগী দদা হাইবা ৱাহৈ অমথক্তনা, সেলিমনা ৱাখল মথং—মথং খন্থদুনা লৈরিঙৈ, অমিদ সিরজ ইরুজবা লোইরদুনা ফি অচোৎপা অমা পাই-দুনা মাগী রুমদ চংশিল্লক্লম্মী। সিরাজনা সেলিম অমস্থুং সেলুং মখোয় অনি ফমদুনা লৈরম্বা অদুদা হরাওনা মরুপ অনিমক য়োবিরক্লে হাইনা হাইরম্মী। সেলুং ঙসাইদগী সিরাজগী তেবলদা লৈরম্বা লাইরিক অমা য়েংলম্বনি অদুবু মরুপ য়োরক্লে হাইনা খুম্লম্মী। তৌইগুম্বস্থুং সেলিমদি মাগী ঙসাইদগী লুকখদুনা খল্লিবা ৱাখল অদুমক খন্দুনা লৈরি, সিরাজনা কৌখ্রিবা অদু মহাক তাহৌদ্রে। সিরাজনা মহৌশাগী মতৌগুম মরুপ হাইদুনা পোপ লাওনা হেক ফুবদা, সেলিমনা মরুপ হায়দুনা খংচোং চোংখৎলম্মী। সেলিমগী অখঙবা অদু উবদা মখোই অনি ফাক ফাক নোক্লম্মী। মখোই অনিনা নোকপা অদু উরগা সেলিমনা

ইশুক শুক্না করিগীনো নখোই অনিনা নোক্লিবনো হাইনা তংলম্মী। সেলিমগী য়াহং অদু ভাবদা মখোই অনি ঙমুক্‌ কেন্না বন্না নোকখ্রে।

পাঠক— সেলিমন শুসি, জহেরাগী দদা হাইব' য়াহৈ অসি-থক্কা, অসুক য়াম্না য়াথল অসি খনগদবা নত্তে। মহাক্ন সিরাজ খোইগী ইমুংদা চংবা খুদিংগী. জহেরা বেগমগা উ-দনা অমসুং মিৎ চানদনা তোকপা লৈরমদে। নোংম— নেংমাগী মিৎ চানবা মশিং য়াম্লকপ মরম্ন জহেরাগী থম্মোয়দসু সেলিমগী মথমদা মাগী পুক্লিংগী য়াহৈশিং অসি করম্ন ফো দোকান হাইনা থল্লিবনি। সেলিমসু করম্বা ঙুম্মত . করম্বা মতমদা, মাগী মফমদা য়াহৈ অমা অনিদং হাইনিংলিবা মতম কুইরক্লবনি।

অসুম্না মরুপ অহুম হরাওনরিবৈ মতম অসিদা ইমুংলোয়দগী মমানা চাক চাররো লাকও হাইনা কৌশিনক্লম্মী। সিরাজনা মরুপ চংশিল্লসি হাইদুনা, মখোই অহুম্মক চাকখুমদা চংদুনা চাক চাবা হৌরম্মী। সিরাজগী মমানা য়াম্না ফজন' সেবা তৌরম্মী অদুগা জহেরাদি ইকাইরত্র কৈনো, সেলিমনা চাক-খুমদা চংবগা মপান্দা চেনথোকখিরম্মী। সিরাজগী মপানা, নখোই অহুম্মক য়াম্ন কম্না হোৎনৌ হন্দক্কী পরিক্ষাসি য়াম্না লুবা মতাংনি হাইদুনা, হাইরম্মী। চাক চাবা লোইরবা মতুংদা সেলিম অমসুং সেলুং চৎলগে হাইদুনা খোরক্লম্মী, সিরাজনা খোঙ্গাল কাওবা থিন্দোক্লগা মরুপ ঐ লৈহৌরগে হাইনা লৈহৌরম্মী।

---

# অনিশুবা

( শরুক )

নোংমগী অযুক্লি। নোং অমসুং অহিংগী লিক্লনা চংমথংকখিবনা, লৈমাইথক্তা হৌরিবা নাপি শিংবি উরা, পুম্নমক তশেংতশেংনা নিংথিজরি। উনা রানা, নাপি শিংবি খুদংমক্তা উফুল মরিক অমা ফাওবা পকপা উরমদে। মতম অসিদা নোংপোক থংবা চীংগী মরুমদগী, কৌরোহনবনা মুনা সুনা য়েংবা হৌরক্লি। মিকুপ খুদিংগী যুভবনা কৈডেংলবা মচু অমমম হোংলকই। কোরৌহনবনা চীংগী নাপোমদগী থরা হাইগৎলকপদা, উনা রানা নাপি শিংবিদা পকপা লিক্লানা সনা মচুগুম্না লংলি। পোমশাৎনবি লৈরাংশিংনা, লৈনা শয়োম মরক্তা লোম্না থুপ্না শাৎচরম্বা, কোরৌগী মঙাল ফংবদা তাইবং মংফাওনরক্লি।

মতম অসিদা সেলিমখান মাগী অপিকপা কা অমদা লাইব্রিক পারি। মমা চাকথুমদা চাক থোংলি। নুমিৎ অদু এপ্রিলগী তাং নিপানিনি, মেত্রিক পরিক্ষ হোবা নুমিৎনি। পরিক্ষা চৎনবগীদমক মহাক ফিরোল শেৎপা লোইরে।

মতম অসিদা মাগী চচ অনি ১সুং মমাতোংসু ফমজুনা লৈরম্মী অনিনা অকাওবা কর কার লৈরি হাইনা হংল্লম্মী। সালমনা কারিসু অরাৎপা লৈত্রে চচা।

মমা, মমাভোন মাগী চচা মখোই অহুম্না অল্লাহানা ইচাগী নিংবা খুদিংমক থুংহনবা ওইসনু হাইদুনা মকোক্তা নাম্বদুনা মচাগী মঙোল পিন্নম্মী। সেলিম অল্লাহানা থুংহনবা ওইসনু হাইরম্লগা চৎখিরম্মী। মেহেরুণ মচানা চৎখিবা মাইগৈ অদু য়েংদুনা, সেৎপা চাবদা মমাম্নবগা মীমাম্নত্রবা 'মরাইবক খিরবা মচাগী রাখন্দা মমিত্তগী পিরাং শিম্বরম্মী।

নোংমা নোংমা হৌখিবনা, পরিক্ষা অরোয়বা মুমিৎনি। মরুপ মপাং খুদিংমক্না কোইরুখিসি হায়দুনা কোইরুবা মরম্না সেলিম মযুমদা মহৌশাগী মতম অদুক্তা য়োক্রকমদে। মচা অনি ম র সুদুনা অমা লৈত্রগা অমা য়েংদুনা লৈগনি হাইনিংঙাই লৈবা মেহেরুণ নত্তে। মচানা মুমিৎ তারবা কাওবা হল্লক্তবা অসিদা কোইঙাও ঙাওদুনা ইমুংদগী মপান্দা, মপান্দগী ইমুংদা অঙাওবিগুম কোইচেল চেল্লম্মী। মকম থংলক্তুদা অরাংথংবগী মনাওগুপা অলিবু কৌদুনা, অঙাং অদু হৌজিক কাওবা লাকত্রে মতম্ন' ফত্তবনে, হাইনা হাইনরিঙৈ খুদক অসিদা সেলিম থোক্লান্দ সাইকল ইনসিন্দুনা চংলক্লম্মী। মচাগী মাইথোং উবদা মমানা ঙমখৈ লৈতনা হরাওবগা লোইনা, ইমাগী ইবুংঙো ঙসিদি করিগী অমুক য়াম্না থেংনক্লিবা, ঐদি নংগী চপাবু খিবা চৎথনসিরা থল্লমবানি মুংঙাইরেদা। ইমা ইমাম্নবা মম্নামগা সুম চত্থোক-লুবদগী থেংদে কপ্রিব', হায়না হায়না মমা মচা ইমুংলোমদা চংশিনখিম্নরম্মী।

মুঙ্গিদাংগী মতমনি। মমানা সেলিমদা, মমাংদা থোকখিবা থোদোক কয়াগী মরমদা রারি শারি। নপানা নং পোকপা

থা মরি শুরকপদা, মমাংগী নপনথৌ চাওবা অমসুং নংগী মাম্মা মনি খোয়গা লোয়ন্না লৈফে চৎখিবনি। থা অমা মখাইরোম অসি নপাগী ঈপাও কৰিসু ভাখিদ্রবাৎনি। ময়ামনদি চীংদা থবক সুবদা, চীংনা নান্দুনা শিথ্রবা ভাংনি হায়দুনা হায়নরম্মী। ইমাসু অসুক কুইনা নপাগী পাও তাদবা অসিদা ইচিং-চিংনবা অমা ফাওরম্মী। নংগী চচা অলি চক্তুনা থিহল্লসি হায়বসু, চৎখিক্ষম খিকান থংদবনা ভারা তিংদুনা তোকনি হায়দুনা খিকল্লদ্রবনি। থা অমগা সুমিৎ ১৭ নিংশুবা সুমিকী সুমিদাং চাক ঈশিং চাবা লোয়রবা মতুংদা নংগী চচা অলিনা ইতৈমা থোং থাংদোকউ হায়না হায়রম্মী। ইমানা চিংনবা অমগা লোয়ন্না থোং হেক থাংদোকপদা, নপন চাওবগা মাম্মা মনিগনা নপাবু খুৎ শমদুনা ইমুংলোমদা পুশিল্লক্লম্মী। ইমাদি অঙকপা অমা চন্দুনা মফম ইথং থংলমদে।

মতম অদিদা নপানা ঐবু কৌশিল্লকই, অদুগা মাগী শোল্লবা মখোল অদুনা নং নৱাইবক খিহৌরেদো ন...চা অসিমদি লেম্না মংনলক্কনুকে হায়রম্লগা মশা অদু লেকথখিরম্মী। বারী অসি লিবগা মেহেক্লনগী মমিৎ অনিদগী ফাঙমদ্রবা পিগী মরিক মরিক শিন্থরকখি। সেলিমসু লৈখিদ্রবা মপাগী বারী ভাবদা মখোল থোক্ল হিক হিক কল্লক্লম্মী। অদুদগী নপানা লৈখিদ্রবা মতুং অসিদ নংগী চচা অসিনা ঐখোয় ইমা ইচাগী অৱাৎ অপা অপুম্বা মেম্বির ক্লুনা ঙসি ঐখোয় ইমা ইচা হিংদুনা লৈরিবনি।

অদুদসু নস্তনা নংনা ঙসি যৌরিবা ক্লাস অশিসু নংগী চচা অশিগী মপান্দগিনি।

সেলিমগী নৌনা ইনথংদ ক্লাস যোনাগী পুসিনা মচা কপা পম্থৌনা নৌনা হুনদোকপীরম্বনা, অরাবগী মথক্তা অরাবগী বাথল কয়ানা হয়া হন্না থম্মোয় মৈচাক ওইকল্লি। পম্থৌ হাইবা মিংগী অমদি কনাগুম্বা অমদা হেক্তা কৌরুবা য়াই। থাক্লেংশংবা ইপাডুগী গুন অদুদি মথাক্ত চেনবা ঙম্লে ই। মিংগৌদ অমগুন গুনদি অমমখনি। নৈখিদ্রবা ইপ অদুগীদমক্তা ঐনা কঁরস্মু তৌবা ঙমদে! ইপা অদুনদি থরাই হকচাং খাইনরমদাগী মতমদা মচা অমা নৈহৌরি হাইদুনা ইমাগী মকমদা লেম্না মাংহল্লক্তসু হাইদুনা শিমরম্মী। বাথলসিং অসিনা সেলিমগী থম্মোইদা হেম্ন হেন্না মৈচাক পিরি।

মথংগী নুমিৎকী নুমিদাংবাইরমনি। সেলিম সিরাথোইগী য়ুমদা পরিক্ষা লোইখিবগী অরা নুংঙাই বারি শানবগীদমক চৎলম্মী। সেলিমনা চংখিবা মতমদা ইমুং অদু জহেরাথক্তমক লৈরম্মী। জহেরা ফি শারম্বদগী হোৎগৎতুনা চৌকি সোমদা লেংশিনবীরকউ দদা —।"

সেলিমনা— মরুপ সিরাজ লৈবরা —?

"লৈতেবো— "

—কদোমদা চৎকনি হাইরম্বগে —?

“মমাংগী তাচৌ জাওদিনখোইগীদ চংথোকথ্রিম মে; লাক্লগনি পংকুই কুইররোই — ”

সেলিম ঐ রুম সোমদ ফম্ল.গ হায়দুন সিরাজগী রুমদা চ থিরম্মী ;

জহেরা, ঐখোয়না থাব চৌকদা কনান ফম'নিংবিগবা ?

নত্তে নত্তে জহেরা, ইচম্না থল্লিব থাখল অদু লাল্লে হায়রম্লগ' সিরাজগী রুমদা ফমাথরম্মী।

রুম অসিদা ফজ ফজরবা ফোটো কয়ামুক থেংলি। ফোটো-শিং অদু য়েংদুন সেলিম চৌকি অমদা ফমদুনা লৈরি ফজ-ফজরবা ফোটোশিং অদুগী মনুংদা, সিরাজ, সেলিম অমস্তং সেলুং মখোয় অহুম পুম্ন নম্বা ফোটোস্তু য়াওরি। মতম অসিদা জহের বেগম রুম অদুদা চংলক্লুনা থেংলিব' ফে টোশিং অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী করম্বনা হেন্না নুংশিবগে দদা, ইকায় ইকি কয়া তুংদা থম্লগা হংলক্লম্মী।

ঐদি মসিদা থেংলিবা ফোটোশিং অসিগী মনুংদা নুংশিবা অমা ফাওবা য়াওদে, অপাম্বদি য়াওরি।

“নংদি জহেরা।”

“ঐদি দদা.......... ............ ফক্লাংদা থেংলিবা সেলিমগী ফোটো অদুদা মথুং থিন্দুনা।”

"নোকমি নোকমি তৌরদুনা নংনবু ঐবু মুংশিবরনে ?"

"মুংশিববুদি মতম কুইরবনি অদুদা............... ?"

"অদুদা করি তৌরবা ?"

সেলিমনা হংলিবা বাহং অদু থুগায়দুনা হায়রকই। "দদাগী মফমদগী কবিগুম্বা অমত্তা ভিক্ষা ওইনা নিজগে হায়ববু পিবিগদ্রা ?

"নাইরবা পিতৎ পাতৎপা ঐগী ইফমদগী নংগী করি অরাৎ-পা লৈদুন নিগদৌরিবা ?"

'ঐনা হুম শক্তিগী মনুংদা লৈরবদি অমত্তা নত্রবসু চামা ওইরবসু পিজগে করিনো হায়রেদনা ?"

'দদান পিবা হুম্লোইদবা ওইরবদি নিজনিংবগী রাথল লৈরম্লোইদবনি ?"

"হায়রোনো নংগী অপাম্বা করিনো ?"

"কবিগুম্বা হরাওনা নিজরুরগা নিংবা কায়না পাওথুম পিররুবদি।"

"করিনো হেক্তা হায়রো ?"

"দদাগী থুগা শিরিবা খুদোপ অদু ঐখাকী ওইনা পিনবিরো ?

বাহৈ অসি তাবদা সেলিম খান হৌনা নোকথোরক্লে। করিসু মমল য়াওদ্রব খুদোপ অসিবু নংন অসুক য়াম্না পামলুরিবা করিগীনো ?

"অদোমদা মমল য়াওদ্রবস্থু ঐগী ইফমদদি মচুদগী মেম্না মমল য়াম্না জাগৎ অসিদা অনি শুদে"।

"অচুগীদমক ওইরে পিগনি সোইদনা"।

"হৌজিকমক পিবিরম্লো?"

"হৌজিক্কি য়াদে! ঐনা লোকপদগী লোয়ননবুরব' পোৎনি। হয়েং নোংমা হেক্তা পিরগা লোইরে"।

"বাহৈ অচু তাবদা জহেরা শাওশিন্দুনা রুমচুদগী মপাল খোক্কে তৌরম্মী"।

সেলিমনা খুদৈ মচি অমা পায়দুনা খাল্লম্মী। অচুগা লৌরো-সে মসি নংগী পুন্সিদা মাংহনগনুকো।

খুদক অচুদা খোজাকলোমদা মী চাকপগী খোজেল অমা তাখিরম্মী।

জহেরা রুমচুদগী মপাল খোকখিরম্মী।

×× ×× ××

সিরাজ হাথু হাথু রুমচুদা চংশিনক্লম্মা। মরুপ য়েৌবিরক্লম্লে। য়াম্না সুংঙাইরে ঐস্থু মরুপ লাকত্রে চৎকে হায়না খল্লম্লিবনি।

"সেলুংদি লাক্লরোইদ্রা"?

লাকনি মরুপ ।

মথোয় অনি রারি শাডুনা ডাহাক ফম্লিংদা লেলুংসু থৌরক্লম্মী। লেলু, হেক য়োংকপাগ সিরাক্লনা মরুপ ভনিদি অমিনাথেরদা চৎপুসি। য়াষ্ যাবিদ্রব অড়ুবু চৎলুদনা কবি কাম্বগদবা লৈবগে, মরক থত্না লেলুংনা খুমথি।

অহল লম্মনশিংগী বাংদা কবিগুম্বা থবক অমা ভোববদি অহুমলক কাওবদি য়েংগদবনি হাইরৈ, ঐসু নিপা অমনি মাগী মফমদা হয়া হয় মায়খিব ফগে অড়ুবু ডদিগী অসিনা অরোইবা ওইনা মাগী মফমদা ঐনা মাবু মুংশিবগী খুদম অমতং থম্লমগে হায়বসি ঐগী লেংত্রবা বাখলনি।

করিসু লৈত্রবা মুপিমচা অমগীদমক অড়ুক যাম্না থম্বুব, হৌনদেদা মরুপ। নংবু অমিনা নত্তনা অতোপ্পগা লৈত্রব্র ?

মরুপ জগৎ অসিদা লৈরিবা মী খুদিংমক অমগা অমগ মাম্নদবগুম পুকচেলসু তোঙাল তোঙাল্লি, মাম্নদে। ঐগী বাখনদি অমিনাগী মফমদা কখোকত্রবনি। মানা ঐগী পুন্সিগী অহানবা মুংশিবনি। ঐগী থম্মোয়না তশেংবা মাবু মুংশি।

মরুপকী থম্মোয় অমিনাগী মফমদা কখোকত্রবসু, ডসি কাওবদা অদোমগী মফমদা অমিনানা অথিবা বাহৈ নত্তনা মুংশিবগী খুদম অমা ফাওবা পিথিত্রি।

ঙসাইমখৈ মখোয় অনিনা ঙাংনবা রা অদু সেলিম তাদুনা লৈরম্বনি, অদুবু তাবা রাজ্যরা কৈনো কম্লম্বদগী হোৎজনা চৎশিন লাকও মরুপকী নিংবা থুংনবা অসি হাইরম্লগা খোঙ্গাললেংমদা খোক্খরম্মী।

সিরাজগা সেলুংগম্ম মতুং ইন্নখিদুনা মখোয় অহুম পুম্না অমিনাখোয়গী খোঙ্গাল চৎলম্মী। মখোয় অহুম্ম খোঙ্গাল শংলিঙৈদা অমিনা মখোয়গী খোঙ্গান্দগী খজিক্কুং কাখৎনা লৈবা দুকান মসুংদগী কনাগুম্বা মশক খংদবা নিপা অমগ খোরক্লি। মখোয় অ ন বারি শা-শাদুনা লাকপনা সেলিমখোয়না লৈরিবা মফম অদু য়ৌ-গদবা খরা রাৎলিঙৈদা নিপা অদু ঐ লৈজৌরগে হায়দুনা লৈকৌরে।

সিরাজনা মকৌশাগী মতৌগুম অথিবা বাকৈবু হায়রকল্লা করি হায়না হায়রগা করম্বা ফজবা বাইনা লৈতেংলগা অমিনাগী সুংগুম্না কল্লবা খম্মোগবু খোৎহনসিগে হায়না মাগী বাখন্দা চিংনবা পোক্লি। মাগী অথিবা বাহৈনা মরুপ অনিসিগী মমাংদা ঙসিস্মু নৌনা ইকায়বা ফংগদৌরিব্রা হায়না খল্লিঙৈ মতম অসিদা অমিনা মখোয়না লৈরিবা মফম অদু হেন্দোক্লুনা চৎলম্মী। সেলুংনা সিরাজদা খুজিন্না অমুক্কুং শিকপদা খংবোয় নাবোই, অমুক্তা ঙাইবিখো।

অমিনাদো ঙসিদি করি খল্লুরবনো খংদে. মকৌশাগী ঙাংথোরকপদা মী খুদিংদা তানা থিনবগুম নাব্রিবা বাহৈ অদুগী মহুত্তা, অখোৎপা বাহৈনা করিগী ওইরবনো ?

"করিগী ওইগনি। ঙসিদি অদোমগী অৱেপ্প অমত্তা থংভগে হায়দুনা লাক্লিবা"।

"অমিনা ব অমা কাওবা ঙাংদনা তুমিন্না লুকথদুনা লৈরম্মী"।

সিরাজনা চম্নবা ৱাহৈনা, অমিনা নংবু ভশেংনা ঐনা মুংশিবা মরম্ম ঙসিস্থ মমাংগী ৱাকম থন্না শেংদোকচনিংদুনা তৌবনি অদুবু য়াম্ন ৱারোৌবীরগদ্রা ?

"হৌখিবগী ইরাল পুম্বা ৱাথল থেনবী তুপিনি থনবিদুনা অদোম্না ঐবু ঙাকপীয়ু ?" অসি হায়রগা তুমিন্না লুকথদুনা লৈখি। মহাকী ৱাথন্দা মমাংদা মানা সিরাজদা অখিবা ৱাহৈ কয়া শিজিন্নখিবা অদুগী নিংঙমদবগী মমি অমা ময়েক লানা তারি। ৱাথল ফুম্বংনদুনা লৈরিবা সিরাজগী থম্মোয়নস্থ কোদোক্লগে চপ য়ুংনা নিংখি অদুবু কোংদোকপজি ঙমজদ্রে।

"অখিনা নংগী মফমদা ঐ ৱাহৈ অমা অনিদং হংনিংই অদুবু ঐনা হংগদৌরিবা ৱাহং অসিনা অদোমগী মীংবা কাইবা ওইরগদ্রা"?

"অদোম্না হংবা ৱাহংদা ঐগী করি নিংবা কাইগদৌরিবা।"

"ৱংগা হৌজিক চুকান্দগী থোকমিন্নরকপা নিপা অদু কনানো কনায়দগীনো?"

"অদুগী চীংনবিরিব্রানে ?"

"চিংনম্রবস্থ থ নিংদুনা ?"

ৱা'হৈ মখ তাগে তৌরকপদা খোঙ্গাংলোমদগী মমা খোরজুনা অমিন চংখ্রে। মখোয় অহুমসু য়ুমলোমদা হল্লক্লে।

অমিনা মতমগী অফাওবি চুপী অমনি হাংবদা হায়মনবা খোংক্লোই। মঙোন্দা মী খুদিংমক পুক্নৎপা ইম্বা গুণ অমা চেল্লি। গুণ অসিগী মতেংনা মতিক মগুণ লৈবা 'বিঃ এঃ, এমঃ এঃ' কয়াবু ককঙাওনহল্লি।

মচুগী মতুংদা সিরাজ খানসু অমনি। অরাক-অরাকপা নিপা উনবনা মাগী মখোন।

অমিনা ইমুংদা ৱনচিংখ্রগা, ঐনা ঙসি সিরাজবু নুংশিরু-রিব কৌরগনো? ঐনা নিংশিংদবা ঙম্লোই। মানা ঐবু চহুকী মতিক নুংশিজরম্মী। চিঠী কয়ারক ইচুনা পিরবখি। চয়েন্দা কয়া'মা খক্ত্রনা মাগী নুংশি ৱাহৈ কয়া ঐগী ইফমদা ফোংদোক-খিরম্মী। মতম অচুদা ঐনা মানা ঙাংবা ৱা খুদিংমক তাবিখি-মরদে। মানা ঐঙোন্দা, ঐনা নংবুদি নুংশিবগী ঙমখৈ লৈতে অচুবু নংদি নুংশিবগী ঈ মচেৎ অমত্তা পক্রবরা। মতম অচুদা ঐনা খুমখি ঐ নুংশিবগী ৱাখল খনবা শংদ্রি। অসিদসু নত্তনা নঙোন্দা ঐগী নুংশিবগী পম্বুং ওইবা হায়বসি ওইখোক্তবনি। ঐগী নুংশিবগী পম্বুংদি বিঃ এঃ নত্রগা এম এঃ না ওইগদৌরিবনি।

অসিগুম্বা ৱাহৈ কয়া অসি খনখরুবদা ৱাখল ৱাংবি অমনা নিংঙমদবা অমসুং ইকায়বনা খনখি। সোমদসু সিরাজ হুংঙায়-বগী ঈপোমলক্তা তাওখিবনা য়ুম য়োৎখিবা খংহৌদ্রে। সেলুংগা, সেলিমগনা, মরুপ ঙসিদি হুংঙায়রবা ৱাখলগী মঙ মংলুরে। থোঙ্গালসু য়োরে নৈবিহোৎরে। মতুংদা অমুক উনরাসি হায়দুনা খরা কল্লপ চৎখৎলম্মী। সিরাজদো ঙসায়দগী অমিনানা মহৌ-শাগী ফিভম হোংলম্বা অমসুং মাবু মুংশিবগী ফিভম খরা উৎলকপা অদুগী মঙ মংলুবনা থোঙ্গাল হেন্দোক্লুনা সেলিম-থোয়গী মতুং ইন্নরক্লে।

সেলিমনা মরুপ নৈবিহোৎরে। মতমসু থেংনে মমশিল্লক্লে, মতুং অমুক উনরসি হায়রকপা অদুদতা, ইহে য়ুম য়োরবোয়রে মরুপ ঐ নৈহোৎরে হায়দুনা থোঙ্গাললোমদা হন্দুনা চৎলম্মী। মাগী মতৌচু উবদা অউবা মী থুদিংমক নোক্তবা ঙল্লোয় সেলিমগা, সেলুংগসু নোক নোক্লুনা য়ুম য়োরক্লম্মী।

× × × × × ×

সেলিমনা থোঙ্গালনোমদা থোকখিবা অদু জহেরা মিৎ কুপ্তনা য়েংহৌরি। সেলিমবু মুংশিবগী ৱাখলতনা শেংলবা নুজাগী থম্মোয়বু কুপশিনখিরম্মী। ঐগী ফোংদোক্লিংবা ৱাদি থম্মোয়দ পৈদুনা নৈরে। অদুবু ইকায়খিগনবি মুজা ওইবনা

মাগী মফমদ ফোংদোকখৌদ্রে ফোংনিং ফোংনিং। ঐগী থম্মোয়দা পৈদুনা লৈববা, পুবা ঙমদ্রবা মাবু সুংশিবগী ব'ৈহ ফোংদোক্ল-বগী মতম অমুক ল ক্লবোইদ্রা কায়না থনবদা মামঙ্গী পিগী মরিক ম'রিক শিন্থরক্লি। মমিঙ্গী অবেপ্প' লৈতনা শিন্থরক্লিবা পিগী মরিক ম'রিক্ল লুপা ম'হ চেল্লবা থাবলগুম্ন নিংথিজরবী সুজাগী মাইথোং অদু শিন্থ,'না কুপখ্রে। অমুমন্ন থন্তরক্লি মাগী সুংশিরব' বাহৈ কয়, লায়রবা ঐঙোন্দগীবু নংনা' ক'রি বাক্তুনা নিগদোরিবা বাথল ময়াম অদুনা লেপ্প' ফাওবা ঙমদ্রদুনা মবুংগী রুমদ' থেংলিবা সেলিমগী ফোংটে অদুবু ফক্লাংদ ঙাদুনা য়েংজ-রম্মী। মদুনা মাগী থম্মোয়বু অমুক অনৌব থৌনাগী বাথল'মন্ন পোকহলি।

সেলিম মমা মচা সুমিদাংগী চাক ঈশিং, চাবা লোইরে। মতমন্ন ফনা য়াম্না থেংজিল্লক্লে। সেলিম মাগী ক,দা ফমলি। মমানা তুম্মো তুম্মো ইবুংঙো, ইমান্ন তুমলুরগে কায়দুনা তিপখ্রে। মতম অসিদা অনৌবা পুন্সিগী অনৌবা বাথলগী মঙ মংলি।

মীচিক মীয়াওথোল তাথিদ্রবা মতমনি। মপান্দদি থাজগী মঙালনা মালেম অসি শিনথুংনা ঙাম্মোইরি। ঈথক ঈপোম হৌরবা থাজগী মাইথোং উবদা ঐহাক কাদুদা ফদ্বা ঙম্ন:ক্ক। মপান থোরক্লুনা মমাংথংবা পুক্সি মপাল য়োথোরক্লে। ঐহাক ঙাইহাক্তং ফমদুনা জহেরনা কাদুদা চংলকপা অমসুং ঐগী

ফোটোদ খুৎ থিন্দুনা সুংশি হায়খিবনচিংবা থম্থুকবদা ঐনা মাবু নুংশিদবা ঙমদে অমসুং পুন্সিমগী থাদোক্লোই হায়না ইথন্তু শোঙ্গরকই। ঐনা মঙফাওনরদুনা য়েংথোকখিবা মতমদদি ঙিবা পানবা অম ফাওব নৈরমদ্রে। ঐনা থল্লকই, ঙসি ঐনা ঙা থোকখিবা রাফমশিং, অসি কনাগুম্বা মীনা তাখিবা থোক্লবাদ এবু অহাওবনি হায়নরগনি, অদুদগী ঐ ইশা ইথন্তা ইকায়দুনা ঐগী কাদা চংশল্লে।

---

# অহুমশুবা

(শরুক)

মতমনা অরেপ্পা নৈতবনা জানুআরি ফ্রেব্রুবারি, মারচ মথং মথং লৌরে। তসি ক্লাস টেনগী পারিক্ষা হায়দোকপা চুপিংলি। সেলিম, সিরাজ অমসুং সেলুং মখোয় অহুমসু পরিক্ষা কায়দোক্লে তম্বা পাও তাবদা নিংদোল পিং পিং লাওডুনা পরিক্ষাগী ফল য়েংবা হৌলি। মী অয়াম্বা খবর য়েংনরি, মী খরনা ঐদি first Divison দা য়াওরে অডুগা খরা অমনা 2nd Divison দা য়াওরে হায়না মাগী মাগী নুংঙাইবা ফোংদোক্লরি। য়াওদবা কাংবু অডুনা নিংবা কাইনা, থম্মোয় শোক্লা হম্লখ্রে।

সেলিম 1st Divison দা য়াওরে অডুগা সিরাজনা 3rd Divison দা অডুবু অবাবদি সেলুংগী রোল য়াওরমদ্রে। হম্না হম্না মশিং নাইদনা য়েংলম্মী অডুবু পাক্লবা খবর অডুদা, পিক্লবা সেলুংগী রোল অডু হাপকম চন্দবগুম থোকখ্রে।

ইনথললকপা যৌবনগী নুংঙাইরবা পুন্সিবু পরিক্ষা ফেল ওইবনা কয়াদা বাথল হম্বহল্লিবা। সেলুংদো ওসিদগী লাইরিক তম্বগী

বাখল খনখিদ্রে হৌখিবা মমাং কয়াদদি সেলিম অমস্থং সির.জ য়াওদনা খোঙকাপ অমা ফাওব. চৎপা তলমবনি অদুবু ঙসিনি নুংশিরবা মরুপ অনিদুগী মায়খোং উক্রবগা থম্মোয় মৈচাক হেনগৎলক্লি।

মখোয় অহুম কায়নরমদাইদা সেলুংনা মরুপ ঙসিদগীদি ঐ নখোয়গা লম্বি তিন্নব্রেদো. থম্মোয শোক্লা হায়রম্নগ লৈকৌরম্মী। সেলুং অমস্থং সিরাজস্থ বা অমা ফাওবা ঙাংনদনা যুম যুমদা হন্নরকখি।

× × × × × × ×

সেলিম যুম য়ৌরে। পরিক্ষাগী পাও তাবদা লাইরবি মমা অদু নুংঙাইবা অমস্থং হরাওবনা খনখি। অদুবু মথং ক্লাস তম্বদা চংগদবা পৈশা অদুগী খল্লবদা নুংঙাইবগী মথক্তা অরাবগী ঈথক অমা হৌরক্লি। কন্দক চংগদৌরিবা পৈশা অসিদি মীঙোন্দগী পুজরুবনা কোন্নবা নক্রে অদুগীস্থ মথক্ত ক্লাস টেন থাবদা চংখিবা শেল অদুস্থ মনাওনুপা অলিগীনি। সেলিম মমা মচাগী লৈজরিবা হায়ববু ইংখোল লৌখায় অদুগা লৌ লৌখায় অমথক্তগা ঙায়রবনি। বানা বানা খাংলক্লবা লৌ লৌখায় অদু য়োনবা নত্তনা করিস্থ উপায় লৈতে। লৌ লৌখায় অসি য়োনবনা মীগী অতোনবা শেল অসিদি কোন্নগনি. অদুগা লেমগনি হায়বদি মতৌ কয়া মাল্লমদে। মম' মচা অনিনা পংদুনা লৈরিবৈ মতম অসিদা অলি চংশিল্লক্তনা পরিক্ষা কমদৌরবা হায়না হংলম্মী। সেলিমনা 1st Divison দা পাস তৌজরে। অলিনা হরাওবগা লোইননা মথা তমথনবা।

শেল অদুগী মরমদা নখোয় অহুম থম্বদা লৌ অদু যোনবা নত্তনা অত্তোপ্পা কারস্তু লৈতরে হায়না থম্বরম্মী। মেহেরুননা মনাও নিপ অসিবু লৌহৌনবা হায়রম্মী, অদুবু অলিস্তু অদুক য়াম্না লৈবা নত্তবনা পাঙ্গল লৈরমদে।

মথংগী নু মত্ত অলিন লৌ অংস য়োনবিরে। মীটা অত্তোনবা পৈশা অদু শিদোকখ্রগা লুপা থরা লেম্ব অদুন, অলন মতৈমা মেহেরুনদ শিন্নখম্মী। অদুগা মসিন সোলমগী চগদব, মথৈ শিজিন্নরে,। ঐগা অদুদি মতম থরা লৈরবস্তু য়ান।

× × × × ×

নুংথিলগী পুং ৪.৩০ তবা মতমনি। সেলিম অমস্তুং সিরাজ মরুপ অনিনি কলেজ চৎলুবদগী ক্লার্ক। সিরাজ মখোয়গী য়ুম য়োৎরদুনা লৈহৌরে। সেলিম সাইকল থোদুনা লাকপনা, থোবাল তুরেল অমস্তুং ইম্ফাল তুরেল অনিগী ঈতিনফম, ইরোং ইচিল হায়বা মফম অদুদ লৈশাবী অনিথক লেপ্তুনা লৈবা অদু থরা থাপলপ্পা উরম্মী। মাগী বাথন্দ, মখোয় অদু কনানো হায়বা ইচিং চিংনরি। থরা থাজক্তুং নকশিল্লকপদদি মখোয় অনি অদু জহেরা অমস্তুং বশিরানি হায়বা নিংথিনা খংলে। সেলিমগী থম্মোয়দস্তু বা অমতং হায়নিংবগী ঈথক ঈপোম্না হুংঙায়বগী জগোয় শাগৎলকই। করি হায়না হায়সিগে হায়না খনবা হোৎনবদা সাইকল অদু তুগদবগী ফাওবা তেৎরম্মী।

জহেরাগী থম্মোয়দস্তু বাহৈ অমা অনিদং হায়নিংবগী ইথিল অম! মল্লবা থম্মোয়গী কাচিন্দগী তোয়না তোয়না হৌরকই।

নোংগৌবিনা চেক্লা শঙ্গু উখিনি হায়বগী কিবনা, মনা পুংলবা উপালগী মরক্তা নোংগী ঈরিক ঙায়বগুম, হৌখিবা মতম কয়াদগী ঐনা মাবু ঙায়জরক্লিবনি। খৌরাংনা ঙাইজরম্বা মহাক অদু মমাংমক্তদা লাকপা উবদা অমুক হন্না খৌরাংবগী ঈখৌ লাংদুনা বা ঙাংহন্দ খংজদে।

মখোয় অনিমক মীৎকা মীৎকা নুংশি মীৎয়েং য়েংনবা নক্তনা বাহৈ অমত্তা হায়দোকপা ঙম্দে। অমুক্তা উনবা ফংজরবদি পুবদ ব'রব খস্মোয়গী বাহৈ কয়া অসি কোংদোকচরগে হায়না খংজরম্ব জহেরাগী মচিন অদো, শেগায়রবা চেনাদা গোমনা ফাজিনবগুম ফাজিনখ্রে। অদুবু নোংত্রা অতিয়াদ খাক্লা লাওনা ঙংম্লগ মালেম থক্তা তারকপদু জগৎ কনান থিংলুবা ঙম্বগে। মগী খস্মোয়দ ফুমদুনা থম্লিব বাহৈ কয় দু কোংদোক্লগে হায়বগী মতাংগুম থুনা য়াংনা হায়রকই।

“কদোম চৎপিরুরিব ?”

“কলজ চৎচরুবা।”

“করি তৌবিরম্লিবা ?”

“বসিরানা মতেং পাংশিল্লকই, ঐখোয়সু অদোমবু ঙাইজরম্লিবা।”

“বনা ঙাইবিরমলেদা ?”

জহেরানা।

ঐখোয় ইমাখোয়গা চুকান্দা লং লৌবা চৎলুবনি। ইমাদি

ঐখোয় চৎলম্মে', অরাং থংবগী ইমাতোনগা করায়দনো চৎলুখিবি হায়রৌই।

অসুম তৌদুনা মখোয় অহুম ঙাহাক বারি শানরবা তুংদা, জহেরানা সাইকল মমাংদা হাপ্লিবা বাজকেট অদুগী মনুংদা চে অমা হাপচিলখিবা অদু সেলিম উহৌরম্মী। তুমিৎ তাশিনগ্রে ইংচ চৎলসি হায়দুনা চৎনগ্রে।

সেলিমসু সাইকল থুনা য়াংনা থৌরক্তুনা য়ুম য়ৌরক্লে। মহাক্কী কাদা চ তুনা ফল্লরে। মতম অদু সুমিদাংগী পু ৭.৩০ তাবদ ঙাইখ্রি। সেলিম তপ্না তপ্ন চিঠীখাও অদু লৌথোক্লুনা চে অদু তপ্না তপ্না পাবা হৌরকই। করিগুম্বা লাওনা পারবদি মমা তাখিনি হায়নসু খল্লি।

চিঠিগী মরোল মথাগী অসিনি।

ত্রদর অদোমগী মফমদা অহানবা ওইনা চম্লবা রাহৈ কয়ানা প্রেমগী ভিক্ষা নিজখিবনি। করিগুম্বা অরানবা কয়া য়াওরবা অমসুং অদোমগী নাপ্লদা তাবিনিংব্রবসু, মরাল লৈত্রবা পত্র অসিদদি তাইনবিগনুকো।

ঐগী পুন্সিগী অহানবা মীৎকুপ্তুগী হৌনা অদোমবু হুংশিবগী লংসবা মঙাল অদু মম্লবা থম্মোয়গী কাচিন্দা মপুং ফারবা থাজগুম ঙান্দুনা লৈরম্লে। অদোমগী মফমদা লৈরিবা ঐগী প্রেম অসি মুৎপা নাইররোই, ঐগী অত্থা লৈরিমথৈ। মৈচাক ফনা

চাকথৎলক্লিবা লাইস্নেগী মৈরি অদুস্থ মীওইবনা' লায়না কনবা ঙম্মী। অদুগা অকনবা লাইনা কয়াবুস্থ হৌজিক কালগী ড'ক্টরশিংনা লায়না হিংহনবা ঙম্লে। অদুবু ঐগী থম্মোয়দা চাক্লিবা মৈচাক অসিদি কনানাস্থ কনবা ঙম্লোয়। অদোম্বু মুংশিবগী লাইনা অসিস্থ পৃথিবিগী অফাওবা ড'ক্টরশিংনস্থ য়েংবা ঙম্লোই।

তসেংবমক ঐগী থম্মোয়গী মৈচাক অমস্থং মুংশিবগী লাইনা অসি য়েংবিগদবা! মী অদুদি অদোমনি অদোমনা ঐগী মৈচাক অসিবু কোকহনবিগে থনবিরিত্রা।

ইখোংনা খোংনা লাক্লুনা অদোমগী মফমদা ঐগী থম্মোয়গী মাহে কয়া খোদোকনিংবস্থ, অতোনবী তুজাগী মপোক্লা পোক-থিবনা খোংদোকচবা ঙবজদে, বায়োবিগনুকে।

ঐগী অশাগী নৌনা চোংথৎলক্লিবা ময়োল অসিবু কংহন্দুনা মাংহনবিগে থনবিরবদি পুন্সিগী নীংবা থুংহনজবা ওইসনু।

অদোমগী বাথনতনা
পুন্সি লেনজরিবা
জহেরা বেগম।

সেলিমনা চিঠি অসি হন্না হন্না পারি। অদুবু অপেনবা নাইত্রবা মাগী থম্মোয়না পানিংদুনতা লৈরি। মশিং থিঙমদনা

পারগা অরাবা কোক্নদবোই নিংসুরবরা থংদে, অমুকস্থ পারি হয়া হয় । চে অদু য়েংলূ য়েংলুরগা মাগী থম্মোয় খোইরাংবা অসুম হেনগৎলক্রি। মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা মতমনি অদুবু মাগী থম্মোয়দদি অচিকপগী রাখল লৈরমদে । পাক চাওরবা মরুভুমিগী লমদমবু পিক্লবা লৈঙোয় মরিক মরিক্ল, কুপশিনখিবগুম, সুংশিবগী ঈরিক ঈরিক্ল সেলিমগী মশিং নাইদ্রবা শিংলি খুদিংদা অয়েপ্পা লৈতনা চেল্লি।

অহিং অসিমক সেলিম তুমকম চাক্ষম থংখিদরে। চিংগুম্না লুম্লবা সুংশিবগী পোৎলুম্না নম্থখিবনা অর্যাবা থাংবদা মীৎ কল্পা অমাকায়বা উইশিনখিদ্রবনি। মথন্তা সোনজরক্লি, অসিরা সুংশিবা হায়বদুবো। অঙকপনি মী, মীওইবগী রাখল, ঙর্হাক্তা সুংঙাইনা লৈবা ঙমদে । ফোংদোকত্রিঙৈ মতমদস্থ মতৌ করম্না ফোংদোকসিগে হায়না খনবদা থম্মোয়দা অরাবা পোক্লি। ফোংদোকহৌদবা তারবস্থ অঙাওবগুম্না ইথন্তা অচিকপদা কমদুনা চোইরোল লোল্লি। করিগুম্বা ফোংদোক্লরগস্থ মায়থিবা ফংলক্রো হায়বগী খনবদা থম্মোয় অসি মচেৎ মচেৎ কাইদুনা লৈরি। ফোংদোক্লদুনা সুংশিনরবস্থ সুংশি মৈচাক থাংবদা পুক্সি অসি থাংগুথক্তা কেমলি। সেংনা সুংশিবা হায়বসিনা ঈশ্বরনা শেম্বা উ-রা হৈরাং-লৈরাং পুম্নমক্তগী মীকপ মীরাওখোলগী পীরাংতনা অরাবগী খোম্থাং ওইনা য়ৈরি। তসেংনমক খোংনাওদা সুংশিৎনা লিরি-লিরি হুম্লকপা অদু কাওবা সুংশিমগী পাও পুরক্লিবরা হায়না খনজরি

অসুম তৌদুনা সেলিমনা রা' মচেল অমা ফাওবা ঙা'দনা' থম্মে য় কংলব রাখল কয়া খম্থুরুবদগী মরৈথংদা জহেন্নানা পিননবা চিঠি অমা ইনবগীদমক রাখলগী চাওরবা ফুরা অমা শাগৎলক্লি। ঙসায়মথৈ খোংনাওদা লিরি লিরি শিৎলম্বা খোৎনা মেংলবা নুংশিৎকী শাফু অদু সেলিমগী অচিকপা কাইগনি হাইবগী মত্ত'গুম লেপখ্রে।

সেলিম মাগী রাখল লৌশিং পুন্নমক চিং'িন্দুনা' চিঠি অদু তপ্না তপ্না ইবা হৌরক্লে। চিঠিগী মরোলদি মথাগী অসি'ন।

সিশতর :—

মায়থোক্লনবদা ফোংঙমত্রবা রাহৈ কয় ঙৌরবঃ চেবাশিংগী মথক্তা, ঐগী মমল য়'ওদ্রবা কলমটা মতে'মা নুরা' নংগী নকাদা নুংশি খুদোল ওইনা পুহনজখিব'ন। ক'রগুম্ব ঐগী চন্নবা রাহৈ খরাসিগী মনু'দা অরাশব কয়া য়াওরবসু চানবি হৈবী নহাক্লা লৎনহিবোই অশানি।

তশে'না ন'বু ঐনা নু শিবগী চন্নবা রা'রনি। মতম কুইনা পুবদা রারক্লব নুংশগী পেৎলুম অসি অদোমগী মফমদা চেবাং অসিদা থম্বা হৌরব'ন ঙসিদটা, ন'না থল্লমগনি ঐবু নংনা নু'শিবীরবদি অসুক কুইরবা মতম অসি ঐগী রাহৈ অমফাওবা হৈতে হায়না। মসিগী রা অসি তসেংনা থনবিরম্নবদি অদোমগী অরাঃবনি।

মরমদি অদোমগী ইবুং সিরাজ ঐগী চায়রবা মরুপনি। ঐনা করিগুম্বা অদোমগী নফমদ রাহৈ খরা কোকদোকলুরগা অদোমগী মমংগী রাখলনা শংনবিগদ্রা হায়ন ঐগী পংলব রাখলন খনজরুবদগী নি। মডুগীদমক ঐবু ভাকপীয়ু।

খাঙ্গশেংনমক অদোমগী মুশি রাখন্দা হোল্লি ঐগী পুন্সিগী হি। অডুবু পাক চাওরবা ইপাক অসিদা ইকংগী লম য়েৌবা ভগদ্দুন মিনোক চাওরবা সমাজগী মমাংদা মায়থিবা ফংগদ্রা হায়না অকিবা পোক্লি ঐগী রাখন্দা। চাওরবা ঈপাক অসি লানবা মতমদা থেংনরি অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ কয়া। অসি-গুম্বা অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ অসি হুমদোক্লুনা ঐগী পন্থুং য়েৌহনবিগদবা মহাক অডুদি অদোমনি।

ঐনা নংবু নুংশি হায়বা অসি ভাইবং কনানা খংবিরোই। ঐবু শেম্বিবা মপু মাতনা খংলমগনি। করিগুম্বা নুংশিবা ওয়বা খুৎলাই অমতং লৈরম্লবনি অদোমবু ঐনা অসুকী মতিক নুংশি হায়রবসি অদোম মনা খ বিরমগদবনি। অডুবু সংসার অসিদা লৈরিবা অফাওবা বিজ্ঞান হৈরবা মীওই অমত্তনা নুংশিবগী ওয়বা খুৎলাই অমাফাওবা পুথোকপা ঙম্লমদ্রে।

চয়বা রাহৈ খরসিনা লোইশিনজরগে।

নহাকী

সেলিম খান।

চিঠী অসি ইবা লোইরবা মতু'দ নিংথিনা থুপচিল্লগা চিঠী থাও অমদা হাপচিল্লে। চিঠি ইরিবৈ মতমদদি তুমনি.বগী আশা নৈরমদে। অদুবু কৌজিক্তি ফমুংদা চংথিবদগী, মীনু শি খংলবী ফমুংগী লাইরেম্বীনা তরাম তরাম ওক্লনা সুংঙাইনা য়াক্লগ্রে। অদুবু অশিবগী খয়াত্ত য়েংমদুনা খনগ্রে।

× × × ×

নোং ঙাল্লে। সেলিম ময়ুক্তি তৌগদবা মথৌ পুম্ব পাংথোকপা লোয়রদুনা মাগী কাদ লাইরিক পারি। ঙসিদি নোংম্বাইজিংনি। ছুত্তি সুমিৎনি হায়রদুন ফিরোল খরা শুদোকদবগী মমাংথংবা পুথ্রিগী মপান্দ নৈর্রি। মতম অদুদা সেলুং থোঙ্গাললোমদগী তফিং তফিং চংলক্লি। মাগী মতৌ অদু উবদা করি পাও পুরক-দৌরিবনো, থম্মোয়দা চিংনবা পোক্লি।

"মরুপ কদোম চৎপিরুব্রিবা"?

"উনদবা কুইরে মরুপ উনগে হায়রদুনা চৎথোকচরকপনি।"

"করি হোৎনবিগদৌরিবা?"

"ফিরোল খরা শুদোকে তৌরম্লিবা।"

মথোয় অনিমক পুথ্রি মপান্দা হৌরিবা নাশপাতি পাম্বি অদুগী মখাদা ফম্লি।

"সেলুংনা মরুপ ঙসিদি ইকোপ্তা হৈকক হেকলুসি।"

"হি হোনবম্ব হৈতবা ঐবু।"

নংনা কৈত্রবস্তু ঐনা হে'ন্নগা লোইরে ফি-রে নসি খর থুনা শুংদাক্লো। নক্তে মরুপ কৈদৌরগ জংকরাস্তু মখোয় মমান্নবী খরাগা চংশ্রবনি ভুসিদি, ইফিং ফিংনা হায়রকই।

"শোইদ্রবা মরুপ ?"

"শোইদ্রে মরুপ।"

মহৌশাদি, পাংক্লাওবা মশক খংদবা মানা থাজখিদ্রেদা মরুপ,।

শোইদ্রবনি মরুপ করিস্তু চিংনবীগনু। ঐস্তু য়াম্না মুন্না যেকৈরবনি, মখোয়গী মথ। থংবগী মচে বশিরাস্তু য়াওখি অদুগা লোইননা অহল অমা অনিস্তু য়াওখি। ময়াম অদুনা পুবিবগা ওইরমগনি।

সেলিম ফি অদু থুনা লোইনিংমনখ্রদুনা, মানা পুখে রকপা ফি রোলসিং অদু পুন্ন খুদেং অদুদা হাপচিল্লগা ঈশিং থম্ম হৈজিনদুনা সাপোন তকপ হোরক্লে। সেলুংনা মরুপ ফিদু অমমমত্তা ওইনা স্থবিয়ু হায়রকপদা, ইহে হায়দুনা খুদেংদা ফি অমা থমহৌরগা অতৈ ফিশিং অদো লোইনা লৌথোক্লুনা থমগ্রে। কনাগুম্বা মাগী মতৌ অদু উহৌবা য়াওরম্লবদি সোইদনা নোক্লরমগনি।

"সেপুংনা ঐস্তু চৎলগে মরুপ ফিরোল শুবা লোয়বগা ঐখোয়রোমদা লাকপীরো ?"

"ফরে মরুপ ঐ সোইদনা লাকচগে।"

অয়ুক্কী পুং ১১ তাবা মতমনি। সেলুং, সেলিম মরুপ অনি অনি পাত্তা কুয়ক্লনা হিথাংফমগী মাইগৈ পাংলক্লি। হিথাংফম য়োবদ, মথোয় অনিমক ফি অমদা পুন্না ভোংদুনা ঈরং তন্না হোম্বু র। অসুম থর। থরা হোল্লকপনা কবোকং লৈবা মফমাশং অদু তুংওইনরম্লগা য়েলি য়েলাং অমসুং হৈকক্লা থল্লবা ঈরং অদুদা তারার। অত্তাং মচাদগী, পাখং লৈশাবি, অহল লম্মন খু দংমক্লা হিগী মপান্দা ফম্লদুনা মকোক নোম্থদুনা হৈকক হেক্রুংরবা অদু কন গুন্না কবিসিংনা উবিরবদি কবিতা ইনবগী মশক্লি। পাক চাওরবা ঈপাক অদুদগী নোংপোক পাংনা য়েংখিবদা কবোকংগী মকুমদা ঈচিক চিক্লা লৈশাবি অনিথক লৈরিবা অদু উরুরি। লৈশাবী আন অদু জহেরা অমসুং বসিরানি হায়বা খংলদুনা অপনবা লৈন্তনা হি হোনজিল্লি।

হি অদুনা মথোয়গী মনাক য়োরবদা সেলুংনা মথোয়না ভোংলিবা হি অদুদা গং লাওনা থেংজিনহল্লি। জহেরাদো খংখিবনা ইম হায়বগা লোয়ননা খংয়েং-য়েংখৎলক্লম্মী। সেলিমগী লংলবা ময় থোংদে উরুবদগী র মচেৎ অমত্তা ভাংদনা খংলুক লুকখি। হকচাংগী শিংলি খুদিংমক ইকায়বগী ঈন কুপশিনখিবনা মমায় অদু ইত্তাং ভাংশিল্লি।

সেলিম মথোয়না ভোংলিবা হি অদুদা চোংশিন্দুনা ফমগ্রে। মীগী পুকচেল খংলবী বশিরা শেলুংগী হি অদুদা ভোংগ্রে।

মখোই অনি অনি তোংমিন্নদুনা য়াম্না হয়াওবগ লোয়নদা লৈমিনরি। বাদি অমত্তা ভাংনদে ঈশিংগী ইথক ঈপোম্ন হি অদুদ দক দক লাওনা ফুংংলি। মলংবস্থ লিরি লিরি হুযলি। য়েংথি য়েংখিবদা মাইকৈ খুদিংদ ফজবগী দৃশ্যন পুক্লিং শুম্বংন-বগী মশক্লি। মাইকৈ অমরোমদ' লুপাক্তম্ন লংসবা ঈশিংগী ঈপাক্লি, অমরোমদন কবোকং অমস্তুং নাপি শিংবিন ঈশং শংলি। অদুগ' মরক মরক্তা লৈরিব ফুম মপাক মপাকশিং অদুনা সমুদ্র ময়ায়দ লৈব দ্বিপ পরেং'গুম্না নিংথিজরি। অসিগুম্বা ফজ-ফজরবা দৃশ্যশিং অসি য়েংলম্বদগী থংহৌদন সেলিমগী মচিন্দগী খোজেল অমা থোকখ্রে।

"কনা কনাগা লোয়নবিরকপা ?"
"ইমা'ম্নবি থরগা।"
"নমাম্নবিশিং অদুদি ?"
"মী ময়াম অসিগী মরক্তা।"

"অহেন্নানা, মফম অসিদ কারি থবকি লাবপীবিব ?
পাক্লবা ঈপাক অসিগী তমথিরব ইথক ঈপোম অসিদ ঈরাক্লখিগদ্রা চিংনব পোক্তুনা অদোমগী খোঙ্গুল লিজরক্লিবা"

"মীগী অৱাবা য়াম্না থংবিরেদ।"
"অতোপ্পগী অৱাব থংদ্রবস্থ অদোমগী অৱাব মতেংদি পাংজগে থনজরিব।"

"ঐখোয়গিবুদি পাংবিদ্রবসু য়ারনিয়ে, অদোমগী লোইনবি ওইগদৌরিবী অদুগী .... .... ....

'ঐন লাকচরিব অসিসু ঐগী পুন্সিগী খোংলোয় ওইজগে খনজরিবি মহাক অদুগীনি।"

"অদুদি অদোমবু রানা ঙাইরমগনি পাংবিরুরো।"

"করিনো হায়বিরো পাংজরগে।"

"ঐখোয়দি অদোমগী লোয়নবি ওইবদ মতিক চারোয়রে"

"মতিক চারে খন্দুনা লাকচরবনি, অদুদা ঐখোয়দি লায়রবনিনা .... ...... ।

অদোমবু কনানা লায়রৈ হায়বা য়াওগ্রবগে ?"

"ঐসু কনাগুম্বি অমগী মতেং পাংজগে হায়বা য়াওরখিরোইদা।

'সেলিমনা, অদোমগা ঙসাই লোয়নবিখিব নিপা অনিদে কনা কনানো ?"

"অদুবুরো অমদি মশক খংই অদুগা অমদি খংজদেবো"

"অমদো কনানো হায়বা ?"

"ফিরোজ খান হায়বা অদুনি।"

"মখোয়না নখোয়গী তুংদা চৎগ্রিবা অদুবু করিগীনে।" ?

কনানা খংজনি মীনা ইন্নজরকপবু।"

জহেরনা, অতোপ্পা হি অসিদ; তোংবিরুরো মীনা উপ্রগা

য়াথল নত্তবা থম্নখিনি।"

"অদে য়ু তানবিত্রবস্থ চৎচরনি।"

তানবগী য়া নৎচদে, মী উত্রগা ইকাইজত্র ?"

কনা উদুনা ইকাইগদৌরিব পাৎ অসিদবে ?

ইকাই থংখিত্রেদা সে লৌগৎলে।

ঐ অতোপ্পগী মকমদা ইকাইবা থংলবস্থ অদোমগী মকথদদি ইকাইব থ জদেবো।

"অদোম্ন ইকায়বা থংবিত্রবস্থ ঐদি ইকায়জৈ চৎপ্রোমি।"

"অদোম্না ফুত্নুনা তান্নবস্থ ঐ ঙসিগী সু'চৎ চৎলরোই।"

"জহেরানা অতুদি অদোমগী মকমদগী করিগুম্বা অমা ...—"

করিনো অদোম্না পাম্বিরিবা।

"অদোমগী য়াশক অম

"করি হাইনা শকদৌরিবা।"

"করিগুম্বা অদোম্না ঐবু থাংঙ থক্তা কেমহনগে থনবিরবদি পুন্সিসিমগী অনিংব অমকাও থুংজরোই হায়না।"

"সেলিমনা য়াশক অসিমক শক্লবা তুংদা অদোমগিস্থ ঐনা শকপ্রিবা য়াশক অসিমক।"

জহেরান য়াশক্লি। করিগুম্বা অদোম্বু ঐনা লৎনগে থম্লবদি ঐবু শেম্বিব মপু মহাক্না পুন্সিগী নিংবা থুংহনদবা ওইসনু।

অসুম্না পাক্লবা ঈপাক অসিদ হি অমত্তদা তোংমিন্নহুনা শাবি শানৌ অনিদো মুংশি বাশক পন্দোল লোম্নরি । মুরা পাখং অনিগী মুংশি বাশক তাবদা লিরি হুন্নবা মালংবসু লেপ্লে, ঈথক ঈপোমসু হৌখিল্লে । ঈশিং মন্নুংদা চেন চোংহুনা শাম্জরম্বা ঙা পুন্নমক মচি মচিদা পংহুনা তুম্মিন তুম্মিন লৈনরি । নোংদোল থক্তা পাইরকপা চেক্লা শঙ্খু শঙ্খুশিংদো শাবি শানৌ অনিগা মপা য়ৌরকপদা মিৎকুপ অমত্তদা ওইরবসু পল্লমদবা য়াওখিদে । মনাক্তা হৌরিব নাপী শিংবি খুদিংমক তুমপক তুমপক তংহুনা লৈরি ।

অসুম্না শাবি শানৌ অনিদো মুংশি বাখন্দা তাওরুবদগী তাইবং মংফাওনরকপা মতমদদি মুমিৎনা ময়ুম চংগদবগী চোংগী মরুমদ লৈরম্বা অদু উরুরে । অদুগা মখোয়গী মনাক্তা হৈকক হেক্লম্ব মী ময়াম অদুসু ময়ুম মাইগৈ পাংনরম্লে । সেলুং, সেলিম মখোয় মরি অদুসু ময়াম অদুগী তুং ইন্নহুনা হিথাংফমদা হি থাংলম্লগা য়ুমগী মায়কৈ পাংনরক্লে । থুনজা য়ৌরমদায়দা সেলিমনা ঙরাং তুমিদা ইবা চিঠি অদু পিরম্লগা মরুপ অনিদু অতোপ্পা মাইগৈ অমদা লাক্লুনা মাগী মাগী য়ুম চংনখ্রি ।

# মরিশুবা

(শরুক)

অমম্ব অহিংনি। অতিয়া শিন্থ্রংন নোং অমস্নুং লৈচিন্না কুপশিনথ্রে। অকনব নোং নুংশিংস্থু শিংলি। মী পুম্নমক কিংখিবনা ইমুংদগী মপাল থোক্লরমদে। মরক মরক্ত অথাক অরাওগী মখোলনা মাইকৈ খুদিংমক পুম্নিল নিল্লি।

অচুম্বস্থ মথক্ত খোং হাম্ব অমস্নুং লাইতাও খোকপগী লাইম্না অঙকপ ফংনা মী কয়াগী পুন্সি লম্মথাংদ মাংহল্লি। লাইনা অসিন খুল অসিগী অরাব ওইরম্মী। নোংমগী মতুংদ মী অমা নত্রগ অনি শিদনা তোক্লমদে। মীপুম খুদিংন থংনরব বানি। লাই খোকপা, খোং হাম্ব, হায়রব অসিনা য়াম্ন লৌনগনবা লাইন ওইবনা খুল অসিগী মতুংদ লৈব য়ুম খুদিংমক নোং ঙানবদগী নুমিৎ তাব ফাওব অচুগ নুমিৎ তাবদগী নোং ঙানব ফাওব থোং লোনশিন্দুনা লৈরম্মী। অমনা শিবদা অমন য়েংনবগী বা লৈনরমদে। মশা মশাগী হিংনব হোৎনরম্মী। সোরোক্তা মী অম ফাওব চৎনরমদে। লৈকাইগী মী ফাওব অমনা অমগী মনাক্ত চংনরমদে।

অসিগুম্ব অয়ুক নুংথিল ফাওব মী চৎনদ্রবদ অথেংব মিংচিক মীরওখোল তাদ্রব অহিং অসিদ নিপ অম মথন্তু চৎলি। মহাক অদু সেলিম খাননি।

কয়াদা কনগ্রব নুংশিবনো। মাগী মপাদ অকিব পোক্লমদে।

থৌবাল তুরেল অমসুং ইম্ফাল তুরেল অনিগী ইতিনকম অসিদ অচৌব খোংনাং পাম্বী অমা হৌরি। হায়নব অমসু লৈ অমম্বা অমসুং অথেংব অহিংদ চৎপদা হায়রিব খোংনাং অসি তুছুনা লৈরম্ব খেংনবসু কোঙ্গাই অমা য়াওনরবনি। নুমিৎ হেক তাখিবদগী হায়রিব মফম অসিগী মপান মী অছুম মরি শুনা চৎনব নস্তে। অদুবু সেলিমদি প্রেমগী খোম্থাংন থুৎলাম তোইন কৌথিবন অকিবগী মশক ফংলব মফমসিং অদু লাম্থোক্তুন চৎখ্রি।

নুমিদাংগী পুং ১১ ৩০ তাব মতম্নি। জহেরা মাগী কাদ কমছুন লৈরি। মতম অসিদ মথোয় অনি উম্নবগী প্রোগ্রাম থংনগ্রবনি। মপা মমাসু তুমথখিবত মঙাইরি। জহেরা মাগী কাদগী নাশোন পিক্ল শৰ হোন্দুনা খোংকাপ অম থাং অনি থাং অসুম লাকপনা খোংজিন ময়া য়োৎক্লে। মপা মমা থংখিদ্রা হায়ব বাখন্দা মশা অদু থক থক নিকশ্লে। লেপ্প ফাওব ঙমশিল-লক্তে। তনৌ তনৌরবী নুজাগী থুৎ অনি অদুন খোং অদু হাংনবগীদমক খোংগী পোরোল অদু প্যাইরি অদুবু কিখিবন অমুকসু থাদোক্লি।

মপান্দস্থ মবুংঙো অদুন ম'বু বান ঙাইরমগনি খনবদা অরাব ওইরি। অদুগ শোমদশু থোং অসি হাংবদ মপা মখা খংখিদ্রা খনবদ বাদব ঙমজদে। মাগী থরাইদি মবুংঙো অদুগী কনাক্ত য়ৌগ্রে অদুবু মাগী ককচাংদি অচৌব পল অমনা ঙাক্তুন থম্লি। কয়াদা ভোনগ্রব নুজাগী মপোক্লো থোং অসিমক্ত হাংনব হোৎনবদ কয়াদ বাজরিব। জহেরা হন্দকমুক্তি খংগ্রবস্থ ফরে হায়দুন স্বর অমুক্ত' খিংলগ মথুং ওয়না থোংগী পোংজিন্দ পাইরগ লোনন পোরোল অদু তপ্ন ইন্থোক্লব হোৎনরকই। মশা পুম্ব হুমাংন পুংচোৎ চোৎখ্রে। জহেরা থোং অদু হাংদোক্লুন তপ্ন তপ্ন মপাল থোরক্লে।

মহাক্ল মমাংথংব গীপুংখ্রি মপান্দ হৌরিব লৈহাও পাম্বি অদুবু সেলিম ওইরবোই নিংদুন থুনা য়াংন চংশিললুরী। কনাস্থ লৈরমদব অদুদ মশা মথন্ত অকিব পোক্লি। অমুকস্থ খল্লি ঐ-হাকপু লরুগে ভৌরিত্র, মহাক কদামদ চৎখ্রব। ঙাইহাক চংঙরুরব তুংদ মহাক ফমথদুন কোইয়েং য়েংব হৌরকই।

সেলিম অস্থম লাকপন জহেরাখোঁয়গী থোঙ্গাল য়ৌরক্তুন তপ্ন তপ্ন চংলকই। মমখিবন মী অমগা অমগা থৈনবদা উনবা নক্তে। সেলিমস্থ পুংখ্রি মপান অদুদ ফমদুনা কোয়েং য়েংব হৌরকই। জহেরান লৈরিব অদু মহাক্ল উরমদে, অদুগ জহেরা-নদি মহাকপু উরে।

"জহেরাগী থোৎলব বাহৈন হায়রকই, হো কনানো করি হুগে য়েংলিবনো ?"

"হো য়ুম অসিদ য়পু পানদ্রিব লৈরাং অম শাৎলি হায়গে অদু হুগে য়েংলিব। অসি হায়রদুন সেলিম জহেরাগী মনাক্ত চংশিল্লকই।"

'লৈখোক লোইদ্রিব লৈরাং অসিবু অদোমগী নাক্ত পুস্সি চুপ্প লেনহনগে খনবিরিব্রা নত্রগ খাংঙ খক্ত মাংহনগে খনবিরিব?"

লৈনা অম ফাওব কেলহন্দনা পুস্সিচুপ্পা লোইনগে খঞ্জরব। সেলিম জহেরাগী মনাক্ত ফমদুন মুংশি রাহৈ কয়া পাওমেজরি।

থাক্ত মাস্তু লৈচিনগী ফিজংবু হাংদোকতুনা শাবী শানৌ অনীগী শক্তমশং অদুবু তথক তথক য়েংজরি লোন্ন লোন্ন। নিংথিজংব থবল ঈপোয়্ল ক্তদ তাওথরি শাবী শানৌ অনিমক লেংদ্রব পুস্সিগী মিলন্দ।

উপালথক্ত য়ারেকচবি পোম্বী চেক্র কয়ান অহিংগী মতমবু লোয়খিগদৌর হায়ন তকনা য়াকাই ঈশৈ শকলক্রী। মতম কৌবী লাইরেগী তাইংং কনাবু ঙাইদন অস্তুম অস্তুম চৎখিবন অহিংগী মতমস্তু লোয়শিল্লকলে।

× × × + + ×

কায়নরসিক্তে জহেরা.......... মতম চুপ্পদ কাওনগুমশিকো ঙসিগী থেংলব ........। অস্তুম হায়রমলগা মুংঙাইরব আশাদ সেলিম ময়ুম মাইকৈ পাংলক্লি। অস্তুম অস্তুম লাকপন লিতান মখোং য়েংরক্তদোরে। য়োগদব য়োৎলি মখোং অমগুম্ব রাৎলি-হৈদ শকখঙদব কনগুম্ব অমগী য়াক্রব খোঞ্জেল অমনা........

"ঙাইখো—— ।" "নং কনানো ?"

"ইতপ্ তপ্ন ঐনি—— ।"

'অয়াকপ রাহৈন ঐ— হায়রদি ।"

"সেলিম অকিব পোক্তন ঐবু হংলিবা নখোয়বু কনানোনে ?" মখোয় অদো অমুব ফজেৎ শেৎলি । মশকস্থ মমখিবন মুম্ন উব ফ দে । অদুবু মখোয়গী মখোন্দগী ফিরোজগ অমুবগনি হায়বসি খ লে ।

অকনব রাহৈন হায়য়ু সেলিম নং অথেংত্র অহিং অসিদা কদায়দ চৎলুরি ?

নখোয়ন ঐঙোন্দ রাহৈ অদু হংলগ করি কায়গদৌরিব ।

ঐখোয়দ কায়ব কায়দব নংগী নখৌ নত্তে, নংগী খুম্ফম খোকপ রাহংগী পাওখুম অদুত পিয়ু ।

সেলিমন ইচম চম্ন ঐ ঙহেরাখোয়দ Night interviw চৎচরুবনি । আস হায়রম্লগ য়ুমলোমদা খোংকাপ অম অনি থাংই

চৎখিব য়ারোয়, ফিরোজন মমাংলোমদা লংলব থাং অমা পায়দুন চংশিল্লকই ।

চংশিল্লকম্নু করি হায়নিংব লৈ । অদুগ ঐগী লম্বিদ অপনব পিব য়ারোই ।

ফিরোজন মাংদ চপ লেপ্তুন ঙসি নংগী অশেংব পরিচোয় অম পীরন্দন চৎপ য়ারোই ।

ঐগী ইফমদগী করম্ব পরিচয় ।

নং ঙসিদগী অংহৈরাখোয়গী ইমুংদ চংদুন মহাক উনরোই হায়বগী বাশক অমা।

ঐনা মখোয়গী ইমুংদ চংবগী অপনব পীবদি য়ারেংখ, অতোপ্পা হায়নিংব ………………… !

নংনা য়ানিংদ্রবস্তু বাফম অদিদি মুন্ন খঙগ হায়য়ু।

মদুগী পাওখুম পিব ঐ ঙম্লরোই।

হায়য়ু সেলিম, নং হুপীমচা অসি থাদোক্লরগ, নংগী মতম য়াম্লবা পুন্সি অদু মাংবগ কনান হেন্ন কৈ।

বাফম অদু নোংক্লিংব বানি। ঐগী পুন্সিগী থোংগোয় ওইগে খল্লিবী মহাকপু থাদোকপগী মহুত্ত পুন্সি অসি নোনা কেমখিবদ থোয়ন চিংনব লৈত্রে।

ফিরোজন চরাম্নরব নোংশাগী মতৌগুম্ন মাগী লংলব থাং অদুন খিনগদবগী হোৎচিল্লকই।

হৈ শিংলব সেলিম্ন মাগী থাং অদু লায়ন ফারে।

হৌজিক সেলিম অমসুং ফিরোজ মখোয় অনিমক মাগী মাগী অকনব থৌনগ লোয়ননা থাং অদু মুন্নরি।

খুদক অদুদ তুংলোমদগী অমুবন মাগী নিংথিজন শেমজদুন থমজরিব লিচৈ মরু অদুন অনিরক কাক কাক লাওন ফুথরি। মাগী লিচৈ অদুন অনিরক হেক থারকপদ ফিরোজন মরুপ হায়রম্লগা লৈমাইথক্ত তুথখিরম্মী। অঙকপনি অমম্ব অহিং ওইবন অমুবন

ফনা ফজন ফুথখিব চৈনাখোল অদু মাগী নুংশিজরব মরুপ ফিরোজদ ওইরম্লে। অমুবনা মাগী মওং পূর্ণ ইকম্নিংবৈদ খুদোংচাব লৌদুনা মান পাইরম্ব লিচৈ অদুন অমুক অখিরক সেব তৌবিরম্লগ য়ুমলোমদ হলক্লে।

মরুপ অ নদুন জ্ঞান ত রকপ মতমদদি সেলিমদি য়ুম য়ৌরক্লে মথোয় অনিমক্ত মী অমন অনিবু অসুক থিন খুরম্ব ওন্থক্লা লাঞ্চগ্রেদ সোন-সোন্দুনা হনখিরম্মী।

× + × × +

মথংগী নুমিৎকি নুমিদাংনি। সিরাজ, সেলুং অমসুং সেলিম মরুপ অহুমক অমিনাখোয়দ চৎলি। ভাস নুমিদাং পুং ১১ - ৩০ তাব মতমদ চেনবগী প্রোগ্রাম থংনগ্রবনি। পুং ১০ তাবদগী সিরাজ মরুপশিং অদুগ লোয়নন অমিনাখোইগী য়ুম অদু ইকোয় কোয়শিন্দুন লৈগ্রবনি।

অমিনাগী মফমদ মশক মতোদ শাবান মুন্তিদ অরৎপা করিস্ন লৈতে। খুল অসিগী মনুংদ জাবারগী মচানুপী অমিননা ফজবদ ইহেল হেল্লে হায়বসি অঙাং মচাদগী পাথং লৈশাবী, অহল লম্মন ফাওবন হায়নগ্রবনি। হেক য়েংবদ জগৎকী মী খুদিংমকী পুক্লিং হুনবগী মশক্তি অদুবু সমাজগী মিৎয়েংদা অমিনাগী অরাৎপা অমথক লৈ, মদুদি মাগী লমচৎনি। লমচৎ না মীওইবগী পুক্সিবু লায়ন লৈখা তহললি।

অমিনাগী পুক্সিগী অহানবা রাখলদি শক ফজব নিপা, ইনাক কৈরাক খুনব মচা, মশু অমসুং লাইরিক লাইস্থ হৈব

থাবুনি । মাবু পোকপি পলেম পন্থৌনস্তু অরাংব থাক্তং থম্মী।

খুল অসিগী মনুংদ মশক মতৌ ফজব ইনাক খৈরাক খুনব মচা থোইদেক্ল থাংক্লে, অদুবু লাইরিক থৈরোদবদগী মাগী থাখল কাওনরি। এম এ কয়া লাকপস্তু মশক ফজদে থাখতুন তুংওইনবি। অস্তক য়াম্ন থাখল থাংন লৈজরিবী মুপী মচা অসিগী মরাইবক্ত ঈশ্বরন অনেম্ব মফমদ তম্লমলত্রা খংদে, অদুগ মাগী লমচংন ফগুবনরা খংদে। সমাজগী থাখন্দদি লমচৎননি হায়নরী ;

মতম থরাগ মমাংদ মাবু উনিংদব অমস্তুং মুংশিদব মী থোইদোক্ল য়াওরম্ব নত্তে, অদুবু ওফাদ মীপুম খুদিমক্ল মাবু উনগদব হংগোইনবি। মীখুদংমক্ল তুক্কচব পোক্লবস্তু সিরাজগী থাখন্দি মাবু পুক্নিংগী লোয়নবী ওইগে হাইবসিন মাগী লেংদ্রব আশান।

অমিনাগী অরাংব আশাদুস্তু নোংম নোংমগী মরাম্ন চায়থরকপন নিপ্যানিবু হায়রবদি অমদ হেক্ত পুক্নিং অসি লেনপ্রগে হাইবসিন অ.রপ্প পন্থং ওইদ্রে।

পুং ১১৪০ তাদ্রে। সিরাজ অমস্তুং মাগী মরুপশিং অদু অমিনান লোক্লক্তব অসিদ অরাব ওইনরি। ভাইহাকী মনুংদ থোং হাংখিবগী মথোক অম মথোয়ন তারম্মী।

সিরাজন তকিং তকিং চেনশিনখিদুন খুদাং তাপ লাওনা হেক চিংবদ সুপী অদুন হো ইমা ........ অকনবা খোজেমা লাওরকই। সুপী অদুদি মমা ওইরম্রে। ইমুংমগী কবারনা তা অমা পাইদুন খোরুকপা মতমদদি মীশিং অদু অমাকাওব লৈরমম্রে।

সিরাজ হুমিৎ অদু নিংব কায়ন য়ুমদ হল্লক্রে। খোকঞ্জির্ব খৌদোক অদুন। মুমিৎ খরনিদি অমিনাবু মপা মমানা কোইশেন শেন্নখিবন ইমুংমগী মপান খোকপ কাওব রাখিদে।

মতানি শুবা মুমিৎকী হুমিদাং পুং ১০-৩০ তাব মতমদা অমিন। সিরাজখোইগী য়ুমদা য়ৌরক্রে। অমিন হৌজিক মান মমাংদৈডদা মশক কাওবা উনিংখিদবা সিরাজগী পোন্দা খোকপী চেক্লা অমা ওইরে।

---

# মঙাঙবা

## ( শরুক )

সংসার অসিগী মপুংদা মুংঙাইবদা মসিনা মরোয়রে হায়বগী থোয়না অরেপ্পা লৈতে। অহিংদগী মুংথিল ওই, মুংথিলদগী অহিং ওই, অদুগা অহিং, পুম্বসিম্ব মায়দে। অহিং অমনা অমম্বা নোংনা কুপ্ত্না অকিবগী মশক ওই। অমম্বা অহিং অমম্বুং অকনবা নোংগী মরক্তা নোংথাংনা মিৎকুপ্তা ঙাম্লি। অকনবা নোং, অমম্বুং তমথিরবা অথাক অরাও. নোংমৈ শিংজং তারকপগী অকনবা মথোলনা মলেম অসিদা অকিবগী মশক অমুক হেনগৎ-হল্লি। মসিগী অকনবা মথোলশিং, অসিনা জগৎ অসি নিক-নিক লাওহল্লি। অকনবা মুংশিৎ শিৎলি। অসিগুম্বা অকনবা মুংশিৎ শিৎলকপা অসিদা পৃথিবী অসি ছুমদোকপ্রবগুম থল্লি। করিগুম্বা নিংথমথাগী মতমদা অহিংনা মুংথিলদগী মতম শাংবা হেল্লি। অদুগা কালেনথাগী মতমদনা মুংলিলনা অহিংদগী শাংবা হেল্লি। অইংবা নিংথমথাগী মতমদা মীপুম খুদিংমক ঈংবা থাংবগীদমক অবাবা ওইরি। অইংবগী মতম লোইথিদুনা অশাবা কালেনগী মতমবু, খুৎলাম তোয়না কৌদুনা তরাম-তরাশ ওকচরি। অদুগা অশাবা কালেনগী মতমবু বানা-বানা ঙাইনরি। অদুবু

